ৱাখলগী নাচোম

হামোম প্রমোদ

অনিশুবা খুৎনম

**ফোঙবা মতম**

নভেম্বর ২০০৪

**অফোঙবা**

শেবাম নিরঞ্জন

ঈনাৎ পাব্লিকেশন্স

ছয়াতক-৪, লামাবাজার, সিলেট, বাংলাদেশ

**লাইরিক ফঙফম**

বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদকী

সেন্ট্রাল কমিটি অমসুং ব্রাঞ্চ কমিটিশিং



**মখুম**

এন যোগেশ্বর অপু

**ময়েক নম্বা**

ঈনাৎ পাব্লিকেশন্স

**লাইরিক নম্বা**

খান অফসেট প্রেস, সিলেট।

মমল ঃ লুপা ১০০/ (চামা য়াঙ্কে)

WAKHALGEE NACHOM a collection of Manipuri Poetry
Written by Hamom Promud, Published by E-naat Publications, Sylhet
on Rasa Purnima, 26th November 2004

পাব-ইমা

অমসুং

লেখিদ্রবা ইচেগী শক্তম লৌখিবা

মলিকা দেবী

মীরা সানা

রোজী বিশ্বাসকী

খূয়াখাদা।

# হিরম লামায়

থীফাইশংগী নমথীরবা কোনুংসিদা
শ্রীবীরেনগী শৈরেং নিংশিংলকই
খঙহৌদনা চোইরোল লোনখি এলিয়টকী 'ওয়েষ্টল্যান্ড'

য়াথিনচৈগী কোংগোন পিদ্রিক পিদ্রিক
ঙংলি ঈশৈ থম্মোয়গী থম্মোয়নুংদা
রবীন্দ্র-নজরুল-লালন-মেম্মগী নুংশিরবা খোঞ্জেল
শিন্থরক্থী হকচাংগী লুম্বু শাবা ঈশিং
নিংশিংলকই মথং মথং
ইপুধৌ পাখংবা, লুয়াম্বা, খাগেম্বা, পামহৈবা

শং শং দুনা শেংদোকখি তুকচচবা কান্নদ্রবা
খল্লরোইগে খনবনি ময়াং ব্রাহ্মণ শান্তদাস
সুবেদার খেলেন্দ্র, মীরজাফর, মপা মশক খঙদ্রবা বিষ্ণুপুরিয়া

চোকথরবা হকচাং তেখৎলকহল্লী ইরুজবদা
নোংমৈ মখোন তাবা ফংলি নোংপোক চীংখোংদা
আশাগী মৈরী অমা তৎতনা চুখথলি
শারবা নুংশাগী ইংলবা ইরুজফমসিদা।

# হৌদোং

ঙৌদোং থুংবা হৌদোং অমা
কোইচৎ চৎলি ইমুং মনুঙ পুক্লুং
তন্দে মান্দে তুশোন নাশোন
খনাউ থোংনাউ চরম চফু

থম্মোয়নুংদা মমৈদু লুপশিল্লগা
কোইচোং চোংলি কাংখা-লুখা লৱাই লুতোন
ফৈগ্রাক ফৈনা তানা লৈ থম্মোয় থোংজীন্দা
চৎসি কদায় থোকসি কদায় লেপ্তুনা লৈরী চপ

তৌফম খঙ্ড্রবা হৌদোং ও
থম্মোয় থোংনাউ হাংলগে
নুংশি পাৎতা ঈন থারুসি
খোংবান লুপান হুমলুসি।

## ওন্ন-তৈনবা

কাউথোক্লরোইসি হায়নখিবদায়নে নঙ-ঐ
মপোক অমা তৎনা থানরোই ব্রাশকনখি ইবানী
লোংখ্রাক লোংনা হিপ্লগা খনখি ইদোমতা
থম্মোয়নুংদা ফাউরকখি অকনবা চৈনা অমা।

নোংমা হায়খি ঐনা লক্ষী-সরস্বতী-চন্ডী-বেহুলাগী ধারানি নঙসে
রাধা-কৃষ্ণ, খম্বা-থোইবী পনখি নঙনসু নোংমা
অদুবু থাপতোক্লখ্রে ঙসিদি রাধাগা-কৃষ্ণগা, খম্বাগা-থোইবীগা
লাইফদিবী অমা কোইপাই পাই ইমাঙদা
নারেং হুত্তবা ইরোই লাবা অমা লেপখি মাঙদা
খাক্লা খাক্লা খোংখি হুইলাবা অমা
চেনফম খঙদ্রবা কালী মরৈদু চিকশিল্পী
সীতা, দ্রৌপদী, মাইনু পেমচা কদোমদগীনো
মফি মরোল য়াওদনা লমজাও'সিদা
লাইনিংথৌ, ইন্দ্র, জিউস, পাখংবা, মহাদেব
ওন-থোয়না লাক্লরি লৈনাং কফুৎ মরকসিদা

পিরাং শিন্থরকখি রাবন, দূর্যোধন, নোংবানগী মীৎলুদা
ক্লীওপেট্রা, মোনালিসা, শন্দ্রেম্বীগী নোকফেৎ তৌবা মাইথোং
ঈ চদুম চদুম খোমজিন্দগী খোয়দৌ শিন থুংনা
লৈগী দোলায়দা ফম্লিবা নঙবু কনানো ?
থম্মোয়গী তাম্থা ফাউদ্রবরা নঙদি ?
অমুক্তং য়েংলম্মু কৈদৌগে মীংশেলদা ওইরবসু
হায়রম্মু ওনথোক্তুনা নমায়দো- কনানো ?

লোংলম্বা ঐ উপশিল্লকই খঙহৌদনা।

# কনাবু লুহোংসিগে

শ্রীমতি কিউ
চহি কুনগা মরিদা খোংদাজরিবী মায়থোং
খজিক মকশিল্লক্তে, পৃস্নি করিনো খঙলে !
উচুম তাবিদা মখোঙ য়াম্থুরগা দাড়িমপান্দ ফমদুনা
মদোমতা খল্লি, কনাবু লুহোংসিগে ?

পাখং মরিনিকো ঐগী খুৎতা লৈরিবসে, নিংশিংলি–
মিষ্টার এক্স, খুদোম্বী থেক্‌ই
মিষ্টার রাই, খুৎয়াই থেক্‌ই
মিষ্টার জেট, খুনিংথৌ থেক্‌ই
অরোয়বদুদি নিংশিংদ্রবসু য়ারে-
মশক মতৌসু কয়া ফজদে, মরৌ মশিংসু লৈজদে
মগুণ হায়ববু ঈশৈ শকপা হৈ, মখোলদু য়ান্না নুংশি
অদুদি করিমত্তা কান্নদে সংসারদা অরেম্বনি
লাক্কনু হায়খিবা তারে, হয়েংদগী মরী লৈনদ্রে
খুনাউবী থেকত্রবসু য়ারে।

খুনিংথৌ, মিষ্টার জেট
মশক মতৌদি ফজৈ অদুবু থবক ফংদ্রি, বেকারনি
মচিন্নাউ মঙা, নিপা অহুম নুপী অনি
পুন্নমক্কী অহলনি, মনাউশিং মী শেম্বা, মচনশিং থাজবা
উফ্‌স! ঝামেলা! নুংশিনবা কায়নবা তারে।
খুনিংথৌ হাইগৎলি।

খুৎয়াই, মিষ্টার রাই
মদোমতা পোকপা, লমহেল্লবা তৌনিংবতা তৌবা
মরৌ মশিং য়াম্মী, ইনাকখুল্লি লৈববুদি নুঙায়নি
চিংনবা হায়ববু, লমচৎতু খজিক্তং ফজদে
ফুবা-চৈবা তৌরবদি খা লৈকাইগী শাজৌদৌনা

হায়দোকপনা ফদৌরিমান্নে কনা খঙদ্রিঙৈসিদা।
খুৎয়াই হাইগৎলি।
অরোইবদা খুদোম্বী, মিষ্টার এক্স
থবক থনা ফবা, হাযবা চৎপসু ময়িল্লি
লাইরবামক্তি হায়বা য়াদে, য়াম্না লৈখিবসু নত্তে
নুংশা থিনিঙায়দি হল্লকপী খাইনবী মচে অমা লৈ
নিপা মদোমতা, পুন্সিচুপ্পা লৈমিন্নবা
সুকঙম ঙম্মোয় ওইথোক্তবনি কৈদৌনুংদসু।
খুদোম্বী হায়গৎলি।

শ্রীমতি কিউ, ফম্বদগী ফুক হৌগৎলি
তুমিন্না চঙখি ইমুঙদা, মল্লবা মোম্পাক্তা হিপথৈ
লোংখাক লোংদুনা ইমুঙগী শাইজিন মশিং থি
অমুক্কমুক মথং মথং থেকথৈ।

# ব্ৰাখলগী নাচোম'৯৪

খোংথাং খুদিংগী খুদি থিরবা
কদায়দনো ঐনা চৎকদৌবা
মিরাং মহুমদা পল্লবা হয়িংগুম
মফম অমদা চপ লেপ্তুনা লৈরো হায়রিবরো।

হৌগৎকে হায়দুনা হৌগৎঙমদ্রবা হনুবী
মফি মরোল মফম মরাং খঙজদ্রবা মদোমতা
শিনিংদ্রিনে অদুবু হিংনিংলি হনুরবা মালেমসিদা
খোঙহামপুলদা ইরোইরিবা হঙোই ঙাচক্কুম।

কনামতনা কনাদসু কৎপীদ্রবা কৈদৌনুংদসু
মীয়াম্না থৌশাবিদ্রবা লম্বেন মচিগী কুথাপলৈ
হিংলি ঐসু মালেমসিগী মচি'মদা কনা খঙদনা
চাওরবা রথ কাংখ্রোংনা তখায়খ্রবা পাকশল্লবা নাপিগুম।

পাংয়োং পাঙনদেম পাইশল্লি পাইবক্তা
ব্ৰাখলগী লংচাক্লা থল্লবা ঐগী পোম্বী লাং
ফেল্লি মফেল মপাল য়াওদ্রবা পুন্সিদা
মথং মথং কোনশল্লি থম্মোয় ব্ৰাখলগী ফিকোনচৈ

# খুৎ

মদোমতা করিমত্তা তৌজবা ঙমদ্রবা
ব্রাখলগী মীনাই, থম্মোয় মীনাই
কোক্‌কি থৌশিল পাংথোক্লিবা
ও ঐগী শাংলবা খুৎ
ও ঐগী তেল্লবা খুৎ।

লৈকোলদগী লৈবাং থৎলিবা, ফজরিবা
লৈশাবিগী খমব্রাংনরবা খোমজিন, নুংশিরবা
ও ঐগী থোৎলবা খুৎ
ও ঐগী তেল্লবা খুৎ।

হাইগৎলি থাংশাং কবিমতা তুজুংদনা
দন্ডিগী চেবাংদা দস্তখত থাই নোক্লা নোক্লা
মীহাৎপগী ঈ তোৎলবা
ও ঐগী কল্লবা খুৎ
ও ঐগী শাংলবা খুৎ

অমাং শংগী অমাংবা শেংদোক্লিবা
শেংলবা লাইমাঙগী লাইকুক তাংগ্রা থাবিবা
ও ঐগী অমোৎপা খুৎ
ও ঐগী শেংলবা খুৎ।

# শিংনবা

যদা যদা হি ধর্মস্য গ্লানির্ভবতি ভারত।
অভ্যুত্থানম ধর্মস্য তদাত্মানং সৃজম্যহম্॥
পরিত্রানায় সাধুনাং বিনাশায় চ দুস্কৃতাম্।
ধর্ম সংস্থাপনার্থায় সম্ভবামী যুগে যুগে॥
- শ্রীমদ্ভগবত গীতা

ওইথোক্তবনি মদো খুল্লনু কৈদৌনুংদসু, ঈশ্বর
খুরুখুদক কুন্না খুরম্বা নঙবু
করি ? করিগীদমক্তনো নঙবু খুরমগদবা ?
করি পেলহনবা ঙমখি মীওই পুন্সিদা
অয়ুক নুংথিল নুমিদাং নঙবুতা শোনখিবা
নঙগী রাখলদা লুপখিবা থম্মোয় পুক্লিং
ঙমখিদে অমত্তা থিংবা থৌদোকশিংদো
মথং মথং থোকখি থোকহৈদবা থৌদোক কয়া- মালেমসিদা
হে ঈশ্বর লোইশল্লু নঙগী নচা নশু লাইফদিবীশিংসে।
ঐসু নোংমা করিশু খংদ্রিবা অঙাং ওইরিঙৈদা
নোংমা তত্তনা খুরম্মী নঙবু, কৎলম্মী হৈরুক তাংগ্রা মমাঙগী লাইশংদা
খল্লম্মী ইদোমতা, তাইবংগী অরা অনা কোক্কনি চানবী হৈবা নঙগী থৌজালনা
ওহ ! লাল্লে, অরানবা ওইরম্মে ঐগী রাখলশিংদো
ঐনা লাউখিবা খোল্লাউ, রাকৎখিবা তেংথাখোলদো
খোন্থাং ওইনা হল্লকখি, কান্নখিদে করিমত্তা।
নত্তেনে নঙবু কৌগদৌরিবা করিগীনো ? করি মরমগীনো ?
কৈদৌনুংদসু নঙদি মীওইবগী অরাবা কোকহনখিদে
নুঙাইবা পিখিদে নঙবু শোল্লিবা মীয়ামদা
ঐগী ইবোক শোনজরবী নোংমগী তত্তনা নঙবু
খুরম্বা, নুমিৎচুপ্পা নিংশিংঙি নঙবু
অদুবু কদায়, ইবোক্কী মীৎকি পিরাং শিন্থরী ঙসিসু।

তাইবং মপু থৌজাল হৈবা নঙবু, কনাবুনো
নঙনা চানবীরিবসে ? ওইদবা ঙাংবা, ফত্তবা তৌবা

নুঙাইনা মখোয়না হেন্না ইং-তপ্পা মরা চেৎনা পাল্লি
করিগী ? করিগীদমক্তনো নঙবু খুরমগদবা ?
তাইবংগী অৱা-অনা ঙমখিদে কোক্‌হনবা নঙনা
অচুম্বা ঙাংবা অফবা তৌবা কনবিখিদে নঙনা কৈদৌনুংদসু
তাওহে ঈশ্বর নমিৎ ননা যুজ্‌খৎনা
চাকনিবা, তুশোনবা নক্তনা কনামক্তনা নঙবু শোনদ্রবনি
নমথাকহৈবা, ওইদবা তৌবতনা নঙবু খুরমলিবনি
তশেংবদি নঙসে নমথাকহৈবাশিংনা খুৎলাই
ওইনা শিজিন্নরবনি, চম্লবা মীয়াম্বু নৈহৎপগী খুৎলাই
নঙগী খৃয়াখাদা তুথরিবা লাইনিংবশিংনা
থম্মোয়দা হু হাপ্লগা চিনবানদা খোইহি তৈখি
নঙগী নমিং লৌরগা মীয়ামগী শেন্দোংনা খোংগ্রাই শৎনা লাইনিংখি
অঙকপনি হে ঈশ্বর থব হই পান্দ্রবা নঙগী থৌশিল
অদুগা থাজৌ হে ঈশ্বর, নঙবু নত্তেনে ঐনা তুকচ্চরিবা
ঐসু খংঙ, নঙ নত্তে ঐখোয়গী য়েক্লবা, য়েংথিনবা
নঙগী নমিং শিজিন্নরগা মীয়াম্বু ওৎ-নৈরিবা মখোয়বুনি।
হে ঈশ্বর, নঙ তশেংনমক লৈবা তারবদি কৈদৌগেনে অমুক্তা থোরকউ
অৱা অনাগী কোমদুদা থুমহৎলবা তাইবং
নুংশি হৈত্রবা মীহিংচাগী ওৎ নৈরবা মালেম
অচুম্বনা অরানবা শকলবা হুরানবনা থৌপুবা ওইরবা
কায়থরক্লবা মালেম নৌহৌননা শেমগৎপিরো
ইংনা তপ্পা পানজগে খবনিতং ওইরবসু।

## ঙমগদরা

ফুক লাউনা হৌগৎতুনা ঐনা হংঙি
'ঙমগদরা'
'করিনো ?' মহাক্না হায়রকই
'ফজরবা নূজা অমগী মূর্তি অমা শাবা'
ঐনা খুমখী–
'থাজগুম্না ইংলবা মাইথোং
ঝরনাগী লাইজগুম তনিক তনিক্লবা মীৎস্না
থম্মোয় হুরবা লৈশাবী অমগী মূর্তি'
'করিগীনো ?' মহাক্না ঙকতুনা হংলকখি
ঐনা হায়খি-'মৈনুংদা লংথগে।'

# ঙাইরি ঐদি

নুংশিরবী

ঙাইরি ঐদি নঙগী খোঙ্গুল, ঐগী নাকোং
নঙগী খোঙ্গুলনা পুমনিন নিনখরে
জগোই শাবিগী খোংজিগী খোঞ্জেলগুম
ঐগী থম্মোয়নুংদা য়ৈরী নঙগী খোঙ্গুলগী খোম্বাং
কল্লবা পুংখোলগী লেপত্রবা খোঞ্জেলগুম
লাক্লরোইদ্রো নঙদি, ও থম্মোয়গী নুংশিবী
কয়ানি ঙাইখো হায়রিবগে, কংলবা লৈত্রকসিদা কনামত্তা য়াওদনা

চান্নবী ব্লারবা ঐগী হকচাং পোথাজগে ঙহাক্তং
চোকথরবা ঐগী থম্মোয় লৈতাজগে ঙহাক্তং
পুবা ঙমদ্রবা ঐগী কোকসে ঙাথজগে ঙহাক্তং
লাকওবা কৈদৌগে, ফম্লরো ইনাক্তা।

ও থম্মোয়গী থম্মোয়, ও ঐগী নুংশিবী
সনাগী শজী ওইরিবী নঙবু কদায়দনো ?

পাক্লবা লমহাং তমথিরবা চীংনুং
মপান নাইদ্রবা সমুদ্র কাবঙমদ্রবা চীংদোন
থিজরুগে ঐদি, নুংশিবী নঙবু লৈরমগনি
খঙলবদি, ঐগীদি করিমত্তা অব্লাবা লৈতে।
ঙাইরি ঐদি নঙবু পুঙ্গিচুপ্পা।।

## ৱাখলগী নাচোম-৯৩

লৈচিন্না মন্নবা নোংপোক চীংখোংগী পাৎয়াইদা
নিংথম থাগী ইংলবা ঈশিংলক্তা ইচারিবা
ঙাখা পুথিগা লোয়ননা শরেং পোরোম
অচৌ মচা অমত্তা ওইবগী ৱাখলদা লেংমান্ননা

মহৌশাগুম নুমিৎ য়ূংলকপদা লুম্বু শারকলি পাৎকী ঈশিং

তঙায়ফদ্রে খন্দুনা লীলবোব থোরক্লী মখুনদগী
মফম মরাং খঙদনা চেনশিনখি মহৈ মহৈ
লোৎফম খঙদ্রবা ঙাখা পুথি কোইচাই-চাই
খঙহৌদনা অমা অনী অঙম্বগী মবুক্তা চঙশিনখি।।

নুমিৎনা চাইরবদা শনশেনবা কাখৎলকই মথং মথং
নৌনা মথোৎ কারক্লবা নহাশিং লাক্ল-ফাননা শান্নখি
কান্নবা খঙবা অহুম মরিনা ফিগাও থলহনখি ঙাখা-পুথিনা
অচৌ পাম্বা মঙা-তরুক্লা খোই থাকই শরেং পোরোম অমা-অনি
লমহেনলবা অনিখক্লা মবুক নোইরবা মহু য়াওদ্রবা
লীলবোব মতুপ মঙা থোক্লা য়েনথোকই।
ষন শেনবা ময়াম ঈশৈ শক্লি খুৎকা খুৎকা পাইনদুনা
মপু নঙগী খুৎশেমসে খঙবদা ঙমদে ঐখোয়না।

## চোইরোল

নুংশিবনা থুক্কৎলবা ঐগী থম্মোয়
লৈতাফম লৈত্রবা রাখল
কঙাওনরে, নোংলৈ নুংশিত্তা শাখপতোইবা উচেক্কুম।

অয়িং-অশা ফাওদ্রবা ঐগী হকচাং
ইতাবা কুমগী মরাই হাইগৎলবা ষন লাবাগুম
কোইচেন চেনলি মথং মথং অমদগী অমদা
নোংজু নুংশা খাইদনা অৱা অনা পনদনা

নোংমা খঙহৌদনা চোকরকখি হকচাং
কফুৎ মরক্তা শকৎপা ঙমদ্রবা ইরোইগুম
নোর্মলিমখৈ লৈনুংদা চঙখি হকচাংপুম্বা
নর্মথিরবা ফুর্মদিরক্তা ফৈগন য়ৌনা পুথখি

সনাপুন মনুঙদা কুরাক অমা
থোকফম খঙদ্রবা কুরাক
মফম মরাং খঙদনা কোইপাই পাই
তর্মথিববা সনাপুন, ফজরবা কুরাক
লৈমাই'থক্তা থরো থরো ওনখি।

# জগোইশাবী ও জগোইশাবী

তাৎ তেন তেন তাৎ
গিন ঘিনা থেন তা
ধিন খর খর তাং
খর খর তাং খিৎ
ফজরে ফজরে চানরে চুনরে
ও লাইশংগী মাঙদা জগোইশারিবী
শক্লা নৌবনে কুচুনা ঙৌবনে
মিখৎনে নাখৎনে পাখৎলে পাখং থম্মোয়সে
খ্র খ্র খ্র খ্র খ্র খ্র খ্র
তা খ্র খ্র তেন তাঃ
খিৎ ত্রা ঘিন তা ঘেন তেন তা
তাঃ খিত থেন তা থেন তা
ঙাউরে ঙাউরে লেপ্লিবা য়েংলিবা ময়ামসে
পুংখোলগী মনিলনে খোংজিগী খোঞ্জেলনে
নিল্লে পুমনিন পাখং ঐগী থম্মোয়সে
ধেন তা ধেন তাৎ তঃ
খিৎ তা ধেন তঃ খ্র খ্র
তাৎ তাৎ তাৎ খিৎ তেন তা
ধেৎ ধেৎ ধেন তা ধেৎ ধেৎ
ধেন
ও ফজরবী জগোইশাবী থম্মোয়গী 'বেম্মা
থম্মোয়গী থোংনাউ হাংদোক্কুনা থম্মি ঐদি নঙগীদমক
ধিন খর খর তাং খর খর তাং খিৎ
তা গিনা গর ধেন খিনা খর ধেন তা।।

# ডাষ্টবিনগী ক্বাক

অপুম অশা মরক্তা হুমদুনা থীরি
অপৎ-অতা কয়া লৌথোক্তুনা য়েংলি
সেগাইরবা চেবাং মচেৎ মচেৎ
তৎলবা খোংগুপ মতৎ মতৎ
ঈ-নাই তোৎলবা ফিনুংগী ফিজেৎ

হৌখিবা থৌদোক স্মৃতিপূম্বা
ঙসিদি ডাষ্টবিনগী জঞ্জাল

ঐদি অদুবু ফাথিবগুম হায়গৎতুনা য়েংলি
পুন্সি চুপ্পা ডাষ্টবিনগী ক্বাক
নমথিবা মরক্তুদা তোংশা খজিক্তংগীদমক।

রুদ্র মুহম্মদ শহীদুল্লাহগী 'ডাষ্টবিনের কাক' কৌবা শৈরেং পারুবদা।

# তুশোল্লবী নুজা'মগী নুংশাম্বর

ঙাকপিয়ু ঐবু নুংশিবা
লাক্লনুকো হয়েংদগী ঐখোয়গী লৈকাযদা
খোংবা কল্লবা হুই লাবাশিংগী মমাঙদা
নঙবু নুংশিদবা নত্তে, নঙবু মীরাইজবসু নত্তে
তাজনিংদ্রে মমৈ পানদ্রবা হুইলাবাশিংগী খোল্লাউদো।

ঙাকপিয়ু ঐবু থম্মোয়ও
লংলক্কনু লৈতুম হয়েংদগী য়েন্নখাদা
নঙবু পামজদবা নত্তে নঙবু খনজদবসু নত্তে
র়াজরে খাঙবা ভুত প্রেতগী উপদ্রব
খাংভুথক্তা মৈহৌরে নুজা ঐগী থম্মোয়সে।

ঙাকপিয়ু ঐবু চান্নবা
র়াখোংদা লোত্তুনা ঙাইরনুকো হয়েংদগী
তানিংদবা নত্তে নঙগী খোঞ্জেল, খঙদবা নত্তে নঙগী থম্মোয়
উজনিংদ্রে মকুশিংগী মীৎয়েং চায়েং
অফবা উঙমদ্রবা ফত্তবতা উরবা কোইরাওনবা মমিৎতো।

কৌরক্লনু অমুক হন্না থাবলৈ হায়দুনা
কাউনরসি ইবানী পুন্সিগী ওইনা।

# থার্ড ৱার্ল্ডগী ষণ য়াঙ্গংবী

(রোজী বিশ্বাসগী খৃয়াখাদা- ঐগী লৈখিদ্রবা ইচেগী শক্তম লৌখিবা)

এশিয়াগী চরুখোক মরক্তা শিতৎ নাতৎনা লেপ্লিবা
আফ্রিকাগী লৈক্রেক মরক্তা মফম মরাং খঙদনা হাইথুরিবা
চাবা ফঙদ্রবা থার্ড ৱার্ল্ডগী ষণ য়াঙ্গংবী।

কলক মীহৌ পেনদবনা থুমহৎলবা
তৌফম খঙদ্রবা তঙক তঙক য়েংবা নত্তনা
ঙাংসু ঙমদা, খোংসু ঙমদা- অৱাবনিদা

চদোনঙৈগী খাওদৎখ্রবা ঙাংলবা কংলবা চরুখোক
তৌঙম্মী তাকলিবরা ইউরোপ-আমেরিকাগী অঙৌবা শা
শজিক পুন্নমক ফানদোক্খ্রবা, উফুল লৈফুল মরক্তা।
খুনিং তরেৎকী কোম্বৌরী, উচুক থুম্না য়ৈশিল্লবা
নোইথৎখ্রবা চরুখোক খজিক খজিক, রিলিফনিকো
ঙকতা থৌরি, খোঙদা শিকল, শালাক শান্নরিবা লাকচৈদকো।
নত্তে, নখোয়না পামলিবসি করিনো ? ঐগী
কংলবা-তাংলবা উনশা, ঙৌশোক ঙৌববা শঙ্গোম, নত্রগা
মতোং য়াওদ্রবা হকচাং অঙকপনি অঙকপা।

থার্ড ৱার্ল্ডগী ষণ য়াঙ্গংবী
হাইঙমদ্রবা ৱাহৈশিংদো
পিরাং ওইনা চেম্বুরে
উবিখিদে কনামত্তনা।

## নঙবু নুংশিরুবদগী

নঙবু নুংশিরুবদগী মঙ মঙলি নুঙাইবগী
মরক মরক্তা মঙ মঙলি মঙলাক্লবগী
মরক মরক্তা মঙ মঙলি নোক্লিংবগী
মরক মরক্তা মঙ মঙলি কপ্লিংবগী

অহিং কয়া তুমবা য়াদে নুঙায়তবা রাখলনা
অহিং কয়া তুমবা য়াদে নুঙায়রবা রাখলনা
অহিং কয়া তুমবা য়াদে ওলাংবনা
অহিং কয়া তুমবা য়াদে ইংথম্বনা।

চাকথেক্লি পুন্সি নুংশিবনা।
চাকথেক্লি থম্মোয় নুংশিবনা।

সনাগী বেম্মা নঙদি করম পাল্লি ?

## নাইতোম তারবা নাতোন

কনামত্তনা থৌশাবিদ্রবা হন্না ফাউবা য়েংবিদ্রবা
খুৎথেকপদা য়াওবিদ্রবা নাইতোম তারবা নাতোন

কয়ানি খাঙগনি হাইয়ুবা ইমাংমক্তদা ঐগী ইতারোই
চিনবানবু কয়াদা লেম্‌না লূ-না তৌথ্রবা, লুপা-পৈশা
কয়াতা তিংদুনা মখল মথেলগী কসমেটিক্‌স
তৈরিবা নাল্লিবা অদুগা ঐবুনা খজিক ফাউবা শোকপীরমদবা

করম্না খাংঙু হায়রিবগে ইনাক্তা লৈরিবা মীৎস্না
ঐবু য়েংলগা করেম মীনোক নোক্লিবা মমোন মমোনদা
অমুবা-অঙাংবা-অশংবা মচু কয়াগী লৈত্রেংনা ঙাল্লবা
নোক্লিদো পেন্না ঐবু মাঙদা থম্লগা, তোঙলবা নাতোন ঐবু

মাঙদা মীংশেল থম্লগা নাকন্দা ঐবু ইন্থোক্লগা
নুংশিরবা মখুৎনা মখোয়বুতা চানবীবা
শাউনিংবনা ঐহাক নুংশা মপি হোল্লি কন্না
অদুবু তাবিখিদে কনামত্তনা খনবিখিদে ঐবু।

তৌবিমল খঙদ্রবা নখোয়না কান্নদে খল্লিদো ঐবু
থাজদ্রগা য়েংঙুদনা নোংমা ঐবু মেনশন্দুনা
মনম ফাওদ্রবা পুন্সি, মীৎতাংবদগী হেনবনি নুঙায়তবা
নুংশা স্বর হোনবা ঙমদ্রবা নাতোনদা
খয়াৎতা করম্না অচা-থক চঙগনি খম্দ্রবরা।

অরাবনিদা নাইতোম তারবা নাতোন
কনাদসু হাইঙমদনা
তেংথাবসু ঙমজদ্রবা
চেম্থরকই নঙলবা পিরাং
চনপ চনপ।।

# নুংশিনবগী প্লাস মাইনাস

থাজরমদবনি ঐদি
নুংশিনবগীসু সূত্র অমা লৈ হায়বা
মতম চানা মফম চানা সাইনশিংদু শিজিন্নদ্রবদি
অরেম্বদা তাখি শাগৎলম্বা নুংশি ফুরা অদো
কায়নথংদা কায়নবা তাই মৈচাক অমগা লোয়ননা

থাজরমদবনি ঐদি
নুংশিনবগীসু নামতা লৈ হায়বা
থীজ্জনবা, কথৎপা, খায়দোকপা মথং মথং
করিগুম্বদা ওন্ন-তৈনদুনা থীজ্জল্লুরবদি
নুংশিবগীসু রেজাল্ট মাইনাস ওইখিনি।

থাজরমদবনি ঐদি
নুংশিনবদসু শেন-থুম পৈশা-লিকোন চংঙি হায়বা
খজাইদা অমুক চুপ্পগী লুপা অদুক
খুবোমদা খুজিন শিকপগী পৈশা অদুক
নাতোন পাইবগী অদুক
অদুগী অদুক, অদুগী অদুক, অদুগী অদুক।

থাজরমদবনি ঐদি
নুংশিনবদসু থম্মোয়গী 'ব্রাকেট'সে লৈ হায়বা
অহানবা ব্রাকেট, অনিশুবা ব্রাকেট, অহুমশুবা ব্রাকেট
মথং মনাউ নাইনা হাংদ্রবদি ব্রাকেটশিংদো
অমম্বদা খুদি থিবগুম নুংশিবদসু নাম্ববা শোয়দ্রবনি।

থাজরমদবনি ঐদি
নুংশিনবগী 'পাৱার' লৈ হায়বা
থা অমগী মনুংদা ব্লাউজ অমা, রুমাল অমা
থা অনিগী মনুংদা শাড়ী অমা, পেটিকোট অমা
থা অদুক্কী মনুংদা ফিদুপ অমা, লিপস্টিক অমা,পাউডার অমা

অহানবদা চাম্মা

চাম্মদগী চনি

চনিদগী চা'মরি

মতিকচানা জিরোশিংদো ফমদ্রবদি

নুংশিবসু জিরো পাব্রারগুম মুৎশি মুৎশি ঙাল্লি

থাজরমদবনি ঐদি

মীওইবগী নুংশিবদগী শা-ষণগী নুংশিবনা মমল লৈ হায়বা

নমথাক লৈতে, কাইনবা লৈতে, চিংনবা লৈতে

থৌদোক অদুখক্তনি মখোয়না নুংশিনরিবা

তশেংবনি থাজরমদে ঐদি

নুংশিনবগীসু প্লাস-মাইনাস লৈ হায়বা।

# ৱাখলগী নাচোম-৯২

নোংমা ইদোমতা ফমলি লমহাং অমদা
কনামত্তসু লাক্লরোয় খন্দুনা
খংহিপ হিপথৈ, শোংলবা অশংবা শজিক
মথক্তুদা লোংখ্রাক লোংনা

তন্দে-মন্দে ককচেং অমখক কাখৎলকই
জীব অমগী মথক্তা জীব অমা
ৱাখলসে খজিক্তং লাংতক্লে।
অদুবু, থাদখিবা খুদাং হাইগৎখনিংদে

শংবান্নরবা শোরারেন নোকফেৎ তৌরকই
মীৎ উইশল্লি খঙহৌদনা
মাইথোং অমখক নিংশিংহল্লি ঐবু
কনাবুনো ?

তপ্না তপ্না মীং অমখক শোল্লি,
কোইয়েং য়েংঙি কনা লাক্কে
লমহাং অদুদা ইদোমতা থম্মোয় পেন্না খৌদেম্খি

## নুঙাইরবা মঙ অমা

অহানবদা মুথৎসি থাউমৈ, মোমবাতি, বাল্ব
থিংজনসি মীহুৎথোং থোংনাউ পৌরোল লোনসি থোংজাউ
যুখল পুন্নমক থাদসি, খুমজনসি অহোবা পুন্নমক
অদুদগীদি কনামত্তা লৈত্রবা মন্নবা অদুদা
নঙ-ঐ ইবানীতা তুমিন্না
হায়ঙমদ্রবা ৱাহৈ পুন্নমক হায়দোক্লসি
তৌঙমদ্রবা থৌদোকপৃম্বা তৌথোক্লসি
করিগুম্বা পেল্লকত্রবা অদুতনা পেনঙমদ্রবা থম্মোয় ও
নঙগী থোৎলবা খুৎ, ঐগী কল্লবা খুৎ
তিকোং কাকোং শান্নসি খা কদোম অৱাং কদোম
অদুদগীদি
থোইবী, নুঙাই পন্দোন য়ৌরবদা চিংনবা অমা লাক্কনি
চাং য়েংনসি ইবানীতা
নঙগী খুৎতা লাংশোই অমা
ঐগী খুৎতা থাংশাং অমা
ৱাশক্লসি 'তশেংনা নঙবু নুংশিরবদি'
'অশেংবী সতী ওইরবদি'
থাং লাংশোয় অমত্তা চংঙোই
ঐগী নৌরবা থবাকসিদা নঙগী লাংশোই
নঙগী থোৎলবা খনাউদা ঐগী থাংশাং
ঈ চদুম চদুম, নুংশিবগী চাংয়েংদা মাইথীরবা ইবানী
লৈগী দোলাইদা ফম্মিন্নদুনা কাখৎপিনসি
স্বর্গদা।

# নুংশিবী নঙবু ঙাইবদা

ঙাইরমখো ঙহাক্তং- হায়রম্লগা
নোকফেৎ তৌদুনা চংশিনখি নঙদি ইমুংদা

হয়িং-কাং-তুমিৎ ময়ামদো জগোই শাখি ইনাক্তা
মখোয় মশেনতা ৱারী শান্নখি নাকোংগা-নাকোংগা
মিনিট কাটা- সেকেন্ড কাটা মুক্না কোন্নে
খাংবা ঙমদ্রবা ঐহাক থোংজাউদা য়েংঙি।

নত্তেনে চান্নবী, করি চাংয়েং তৌরিবনো ঐহাকপু
থৱায় মঙাসে নঙতগীনি থাজদ্রবরো
নঙবু ঙাইবদা অৱাবা লৈতে, ঐগীদি
পুন্সি চুপ্পা ঙাইজগেনে নঙতবু।।

ৱাখলগী ফুরা শাগৎখি নঙগী চাওরবা মাঙ্গোলসিদা
অশংবা-অঙাংবা মচু তরেৎকি ফীরাল চিংখৎলি
অঙৌবা য়ুখল, শংবানরবা কাংখল, মচিদা থম্মাল
থোংজিন অমা খজিক্তং কাংথোরকই- শ্বাই লাওই
নঙনি খনবদা মীহুন-থাহুন পাইখৎখি, নৎলমদ্রে
হৌদোং অমুবাদো য়াম্না থৌশাদনা ইনাক্তা ফম্লে।।

শাইওনবা হৈবা হেলোই নত্তেকো, চিংনবা পোকই নঙবু
থম্মোয় শোক্লবা ঐহাক মুরবা হৌদোংদুগা মিৎচিনা য়েংনৈ
য়াম্না থাজদবগুম চিংনা য়েংলম্লগা চেনখি, তুমিন্না
নুংশাসোর হোৎন্থে ইদোমতা।।

কদোমদগীনো খরুবী অমখক খুদাংদা তোংলৈ ইরাং লাংনা
নখোয়দনি নিংশিংবদা হাইগৎলুবা খুৎতু থাদৈ
য়াম্না নুঙায়বোই মথং মথং অনি-অহুম পাইশল্লকুবী খরুবী
ঙকশম, থবাক, ফিনুংদসু মখোং তরুক্কী নৈহৎপদো
করিনো নুংশিবী পাখং থম্মোয় হাকচ্চরে, তুকচ্চরে

থেংজিন্নকলে মতমসে নুংশিবী- কাউখ্রবরো ঐবু-
তৌফম খঙদ্রবা ঐ তণ্ডক্লা হৌগথলি থোঙথাং অমা
ছুই লাবা অমা অঁফাইবা থোঞ্জেলদা থোংলকই
খঙহৌদনা য়ৌরম্মী থোজাল, মুক্লম মুক্লম শোক্লি
চান্নবী, নুংশিবী লৈহৌরোকো নঙদি নঙগী নুংশি কোনুংদুদা

# ফৌ য়াওদ্রবা কোৎ

খুনিং মঙা শাংবা মরি পাকপা
ফোপনা শাবা বেথোন নপ্পা
চেকশন্না শাবা চাওরবা কোথনি
য়ামদ্রবদা পুড়া ৪০০/৫০০
অম্থোক্লা নুঙায়না পাল্লিদনা
সনা-লিকোন কন্থা পরেং পরেং
কোট-টাই, চোশমা, মোটর সাইকেল

ফজরবা কোৎ থম্মোয় হুখি
য়েংনিংখি মনুঙগী ফৌ
কোয়েং কোয়েং য়েংদুনা
কনা উহৌদ্রিঙৈদা
কাখত্তুনা য়েংঙি
হেমা ! ফৌ-দি অমত্তা য়াওরমদে।

# মীং থোনদ্রিবা শৈরেং

হাকচ্চরবা হকচাংসে খোৎকে অমুক্তং
থাদোকউ কৈদোগে পুল্লিবা খুৎসে
লাইকোই নত্রগা লৈচাক- ঙমদ্রেনে খাঙবা

ইথৌ পাংথোকপদা অপনবা পীরিবা
পামজবতা তৌবা য়ারবা মতমসিদা
থাদোক্লোসে কৈদৌগেনে

য়োংনাউ অমগী মতুংদা হুইনাও অমা
কৈজাও অমগী মমাঙদা ষন্দং অমা
য়েংবা ঙমদ্রিবা নমিৎতো খোত্তোকউ

লমজাও ময়াইদা জগোইশাবী নঙবু
মবুঙ তরেৎকী থম্বাল
মনিঙ মমাঙ হোত্রোং হো
কদায়দনো ঐনা থিগদবা

তিম্ফা কাকফৈ কোইলাম লাম
ঙাংশং ঙাংলবা খুবোম ঈ
ঐ পেনদে, তশেংবনি ঐ সুকপেন পেন্দে
অদুদগী নৌবা-পুমথোৎ থোৎপা

তৎখ্রবা খাংথৌরী করিগী শমগনি
তুং-মাঙ, য়েৎ-ওই কোইচাই চাই
চৎখ্রগেকো ঐতা তুশোন নাশোন।

# মীথুংতা নোঙ্গাগ্রবা উক্রাবীগী তেংথাখোল

কংফালদা চোংখৎলকইবা অপঙবা উক্রাবী
কনা লৈতে খল্লুরিবা নোং মরকসিদা
থাঙশাং পায়না, চাক্কু পায়না
ওহ ! ওম্বোকপনিদা.........

ঈরাং কল্লবা মফমসিদা খজিক্তং চেকশিল্লু
কৈদৌগে, লানমৈ থানবী ফাউবা থোকত্রবনি হিদেন'পানদা
খোংদ্রবনি লমহুই য়েন্নখাদা।

অহীং নুমিদাং খায়দনা শম্বোংদা মকৃ
খোংলবা, নুমিৎ য়ুংবগা ক্বাক্কী খোঞ্জেলনা
নিল্লবা মালেম শিন থুংনা, চাকতাফম
লৈত্রবা লমখুনু, য়ুমথক্তা পরেং পরেং
ওহ ! নখোয়বু চেকশিল্লু কৈদৌগেনে

মতুপ অনী থোক্লবা উক্রাবী খংলাউ লাউরকই
ঈশিং-কংফাল শিন থুংনা থাক্লবা লাং
কদোমদনো চৎকদৌবা, চেনগদৌবা
থাজফম লৈত্রবা, পোত্খাফম খঙদ্রবা
লৌবুক্তা অচাপোৎ শন্দোক, মমান্নবা অমা
নাকন্দা চাউরবা লাং
ঈশিংদা ওইরে চিঙ্গাক্তা খোই, পাক্লবা
নুপাঈন, তমথীরবা লু, নুংশিৎতনা মহিক কল্লবা
ভাইরাস নমথিরবা মনমনা শ্বোর ফুল্লবা
চিনদা খোইহি পুক্লুংদা হু- খাজরে পৃথিবী
হিংবদগী শিবনা হেন্না নুঙায়রবা
তুমখুন তাল্লগে খন্না থোক্লকলবনি ইদোমতা
লৈহৌরগেকো নখোয় ময়াম-

পিক্তক তৌবা নমৈদু হাই-হাইনা
তেংথাখি উক্রাবী-

গুডবাই পৃথিবী, গুডবাই শরেং পোরোম

বিদায় ঙাখা-পুথি, বিদায় ঙাক্রিচৌ

নুঙায়না পাল্লুকো, নুঙায়না পাল্লুকো পুকচেল ফবা ঙমোইনু

উন্নগনি শোয়দনা নোংমা নত্রে নোংমদি

ওমচাক্লরবা পুক্লুংদা- তাইবং মীগী

ঙাইরমগেকো মচি'মদা, ব্লারৌগনুকো

বিদায় বিদায় বিদায়।

# মনুঙগী ৱারী

শারবা, খাঙবা ঙমদ্রবা নুমিৎকি মৈশা
জিজ্ঞগী য়ুম- কোক তরা কা অনি
থিফাইশং অমা-ৱাশাগী ঈশিং
লমহুইগী য়ুং ফুটা ফুটা...........
মীনম
থীনম
য়ুংনম
বাংলাগী কোনুং ঢাকা, চাওথোকচরবা
মৈতৈ মচা, পোংলবা ঐখোয় তরা ঢাকা'চা
মীকুপ খুদিংগী হাৎনবা, থিনবা, ফুনবা- রাজধানী
নুঙাইতে করম্না হায়গনি– মনুঙায় অমনি
অয়ুক্কী পুঙ নিপান-মাপনদা নুঙাল্লি, অহীং পুঙ অনিদা তুমখুন
হরতন, রুহিতন, চিরতন– ইস্কাপনগী টেক্কা
পাখৎনিঙায় লৈতেদা– লুপা তরা-কুনতনী
নঙ-ঐগী অৱাবা ফোঙদোকপা- পোত্থাজৰনি
করিগী তোক্কনি-শোইফদে নোংমা ফাউবা
চৈনৈ ঐখোয় মশেল
কছুবী মচা
নমাই নকোক
নোক্লি ফাক্ ফাক্
অপংবা, থুবং
হাওবং খরা
মখা তাথে– মাগী নুপী, ঐগী নুপী– মশক মচু
শাওং শাদা– থবাক, থ্বাং, মথং মথং.........

## মঙাক্লবা

ঙরাংতা মঙখিবা মঙদো
নিংশিংবা থোকত্রে ঐগী ৱাখল মচাসিদা
নুপী মচা অমা, নোংমৈ নত্রগা চাক্লু,
নুপীমচা ওইরমদবসু য়াই।
অমুবা টি শার্ট, জিন্সকী খোংগ্রাউ
নিপামচাবু ওইরম্বসু য়াই।

মশম,
থবাক-
চুম্মি অনিদুমতং
ঐবুনে মুন্না য়েংহৌদ্রমানে।

মীৎচিনা য়েংঙগা নোকফেৎ
উ-হু. নোকপা নত্তে মাগীদো
অশাউবা মাইথোং
পোমতক তৌবা চিনবান
খরা খরা অসুম চংশিল্লকই- ইনাক তন্না
ঐসু ঙম্লিবমখৈ হন্দোকলি
চংশিনলকপা তোকতে, তুং হন্দোকপসু
তোকতে :
চাক্লু নত্রগা নোংমৈ
নুপী নত্রগা নিপা
অতৈ পুন্নমক কাউখ্রবসু মদুতদি নিংশিংলি
লাউগে তৌই কন্না- খোন হাইগৎলি
করিনো ! করিনো !
মখোনদি থোক্তে
ঐবু হাৎপীগনু
ঐবু হাৎপীগনু
কনবিয়ু
কনবিয়ু
অপাম্বা অপাম্বা হায়বিয়ু।
চেনগে তৌই ঙমদে, খোংসে
ক্লাকসে তিংথোক্কে তৌই- ঙমদে

ঐবুনে
ঐবুনে কনবিয়ু
কনবিয়ু ঐবু
ওক্তবী নত্রগা ওক্তবা- লেপখি
খণ্ডলেপ
মুন্না য়েংগুকখি
কন্না কন্না নোকখি- ফাক্ ফাক্
নণ্ডে নোকপা নণ্ডে, কপ্লাসু ওইরম্বা য়াই
কপ্লা নত্রগা নোকপা
হৌনা হৌনা তেংথাখি
থবক অমা-
পিক্লবসু, চাওরবসু।
চোইরোলগুম্না নাকোংদা লাউখি
কৈদৌরে-
কপ্লা- থবক অমা
কি-গুম খং-গুম ফুক হৌগৎলি, কোইয়েং য়েংঙি

## য়াকং চেবাং

থাজদবা তৌমু
পেন্দবদগী হায়বনি অঙথা,
মপান্দ লৈবা মপুরোইবনা, য়ুমদা
লৈহৌবা নুপীবু থাজদবগুম, ঐসু
চিংনবা অমা পোক্লক্লে
হে মৈতৈ লুচিংবা
কনাগনো নঙনা চান্নরিবা ?
তশেংবনি হাইয়ুবা কৈদৌগে
মীয়ামগী শেনখায় হুমাং মমল
য়াওদেকো নঙগী অন্না পোথাবদুদা
নুঙাইথোকপদা
করিদনো ঐনা থাজগদবা নঙবু ?

তশেংবনি, পেন্দবা অমনা
খোইরাং খোইজাউখি খোইদৌসে
মহৌশাগী মথৌনা ফবা মৈতৈ নহা কয়া
খোংবান লুপানদা ওন-থোইরি
থী-রক য়ুংলক্তা নুঙায়বা থীরি
অমাংবদা হৈনবা ষণ লাবাগুম
চহীচা কয়া য়াথলিবগে য়াখল তারক্কদবা নখোয়না।
অঙনবা অয়ূক্কী লৈচিল্লক্তা য়েন্দাই পাইনা লৈ খুনবী লৈশাবীনা
থোরক্লে ঙসিদি চাওখৎ ফীরাল পাইদুনা
ও কনানো নঙবু লম্বেল মচিদা থৈদোক্কুনা লৈরিবা।
তুং ইল্লু কৈদৌরগে মতেং খজিক্কংসু পাংশনশি
চাওখৎ খোঙথাংদা খোঙদারসি নুপী-নিপা খায়দনা
তুং হল্লিবা করিগীনো পুকচেল ফজদে তাকলিবরা ?

'শন্দ্রেম্বী, ইমাদি খোইদৌ য়ৌরেদো'

থাজরমদবা য়াই, অদুবু
মৈতৈ চনুরাশিংগী তোংলবা থবাক উবগা

খুব্রাংননা লৈবা মোংফম নিংশিংহল্লে
তুমথবগা মঙলাক্লবগা মঙফাউনরে
অহীং কয়া লেনখোগে মীৎলু অনি থুপচিন্দনা ?
কনাদনো ঐনা পিগদবা ৱাকৎ চেবাং অসিবু।

# মৈতৈ লৈপাক মণিপুর নিংশিংলুবদা ইখিবা শৈরেং খরা

১.

থম্মোয়নুংদগী ফাউরকখি ইতোপ তোপ্পা নুঙায়তবা
অমা, ওহ ! মৈতৈ লৈপাক মণিপুর
খাংঙমদ্রবা মৈচাক অমা চাক্লি ঐগী থম্মোয়নুংদা
নঙতগী খল্লুবদা পেনজদ্রবা ঐগী থম্মোয়
মৈরি অমা চুখৎলকখি, ঙাল্লি পুমঙাল রাখলপৃম্বা
তৌফম থোকপা থৌদাং তৌগে লেপখি নঙগীদমক
তশেংবনি, হায়ঙমদ্রবা অরাবা অমা ইলৈতা লৈখি
নঙগীদমক মৈতৈ লৈপাক মণিপুর, ঐখোয়গী মণিপুর
ফোঙমদ্রবা রাখল ফোঙদোক্লগে ঙসিদি
হায়ঙমদবা রাহৈ হাইরম্লগে ঙসিদি
অপং থৌনা ওইরবসু লাউরম্লগে ঙসিদি
মৈতৈ লৈপাক মণিপুর নঙগীদমক
ঐগীসু তৌফম খরা লৈ, নঙগীদমক।

২.

ইলেকট্রন, প্রোটন, নিউট্রন থদৎনবা য়াদ্রবগুম
নঙ-ঐ মৈতৈ লৈপাক কাউনগুমসিকো

অক্সিজেন হাইড্রোজেন খৌরাংলবা লাইজ ঈশিং
চীংমী তম্মি অমত্তনি অমত্তা

অশংবা অঙাংবা হিগোক নিংথিরবা চুমথাংগী মচু তরেৎ
মঙাঙ লুরাং খুমন সলাই তরেৎকী ইতিনফম কংলৈপাক
নঙবু কাউবা ঙমদে কৈদৌনুংদসু।

৩.

দোকানগী মচি'মদা বোম হাপ্পা ব্রিফকেস অদো থম্মি
য়াওল্লুপকী  নিংতম লান্মী শরকতা চেম্থোরকই
খরা লাপতক তৌনা মতম ঙাইদুনা ফমদুনা লৈ
মরুয়ারীগী দোকান উফুন ওনবা তারে ঙসিদি

করিসু খঙদ্রবা মীচম মীয়ামদো মহৌশাগী মতৌগুম
নোক্লি ঙাংনরি লাউনরি পোৎ-চৈগী মমল তিক্লরি
ঙহাক্কী তুংদা উফুল ওনখিদৌরবানিকো মখোয়পুম্বসে

তৌবা ঙম্বা তাইবং মপুগুম মদোমতা নোক্লি নিংতম লান্নী
খুদক্তা নোক্লা নোক্লা লৈশাবী পাখং অনিখক চংলকই
আহ ! অহ্নোকপনিদা নখোয়সু য়াওবা তারেদো ঙসিদি
পিক্রবা অঙাং অমগা মৌনহা অমা ৱারেম ঙাংনদুনা ফম্রি
নুঙাইতেদা চম্লবা অঙাংও চেহ্নোরকউ কৈদৌবগে
ঘড়ি য়েংঙি নিংতম লান্নী সেকেন্ড নিফুখকতা ঙাইখরে

কদোমদগীনো মারুতি গাড়ি অমা কুমথরকই
স্যুট, টাই, কোট ৱাং-চাউরবা নিপা অমা
পুন্নমক্কগী ফবা খোংগ্রাউ ফি, ফুরিৎ ফি খল্লিদো মহাক্তি
কান্নদ্রবদা হাইঙমদ্রবা ৱাহৈ মদোমতা শোল্লি তুমিন্না-নিংতম লান্নী
ওহ্ ! সেকেন্ড তরামঙাখক্তা ঙাইখরে
মমা মচাদো হৌজিক্তা হৌগত্তুনা চৎখরে
অচৌবা নুংদুম অমা কোকথক্কগী লৌথবগুম
লৈশাবী-পাখংদুসু উখিদরে মনুঙদুদা
ওহ ! করিনো মতমসিবু অসুক তপ্না চৎলিবা
নিংতম লান্নী শ্বোর শাংনা হোহ্নৈ।

পুঙ মঙা মিনিট নিফুমঙা য়ৌগদবা সেকেন্ড তরাত ঙাইখরে
ইহে ! কদোমদগীনো ভেসপা অনি-অহুম
হৈমা ! অসিদি ঐখোয় লৈকাইগী তোম্বীসনাখোয়নিনে
মমান্নবি অহুম-মরিগা মশম মনা হাইরদুনা পরেং পরেং।

ইস ! খ্বাই তুংগীসিদি শনারৈনিনা
ঐগী থৱায়গী শনারৈ ঙহাক্তা ঙাইখো
য়ৌরে মিনিট নিফু মঙা
য়ৌরে মিনিট নিফু মঙা
মীৎ উইশিল্লি নিংতম লান্নী
শংবান্নরবা অতিয়াদা মচু তরেৎকী ফীরাল হায়গথলি।

# লন্ডনী মৌ-গী চিঠি

তাবিরিবরা,
মীয়াম্না ঐবু লন্ডনী মৌ হাইনা কৌবিরেদা
পেল্লরিনি হৌজিক্তি
নুঙাইবগী সমদ্রুদা থরনি তাওহনলম্লগা
অৱাবগী মৈরক্তা লংথবিরম্লিবা ঐবু
করম্বা ইরালগী দম্ভিনো খঙহনবিরকউ কৈদৌগে।
অঙাং ওইবগী হবাও তয়াম্লবা পৃশ্নিবু
মাইকৈমদা থৈদোক্লম্লগা পুশিনবীরকখি
ঐবু নঙগী নুংশি ঈপাক্তা।
লৈখোম লৈনাং মরক্তগী লৈকোলদা  কৌশল্লগা
থম্বিবম্লি ঐবু মপাং কনা য়াওদনা
শুক্লবা সংসার হিংগোলসিদা
অসুক ৱাগনি খংলম্লবদি লাক্লম্মোয়কো নঙোন্দা
খাংজাউদা থেঙ্গু ফুৎপগুম
পেৎচৈদা ঙমু লৌবগুম
খাংঙমদ্রবা মৈশারক্তা খাঙলি ঐদি ইদোমতা।

ওম্ভোকপনিদা নঙনসু থাজবিদ্রবা ঐবু
কৈদৌনি ঐগী অৱা খোঞ্জেল তাহন্দুনা
নঙগী নুঙাইববা মঙ কাযহন্দুনা, অদুবু
ঐগীনি হায়বদা লম্প্লবসু নক্লবসু নঙতনিদো লৈবিবা
খাংঙমদ্রবা, কনানসু হায়ঙমদ্রবা ৱাবী খবা লিজগে
তানিংদ্রবসু তাবা তায়, পানিংদ্রবসু পাবা তায়
ৱাবৌগুমসিকো নুংশিবা
নুমিৎ অদো হকচাংসু খবা নুঙায়তে
কোকসি ঙাওবি ঙাওবি তুমিন্না হিপ্তুনা লৈ
কনামত্তনা হন্না যেংলদে, হংবিবদে
কনামত্তনা কবি তৌবে, অহোইনদুম
তাহনখি অয়াকপা খোঞ্জেল
তশেংবনি নুংশিবা
থীংঙমদ্রবা মীৎলু পিরাং চেম্ভরকখি মাধবকুন্ডগী ঈশিংচাইবীগুম
নোংমসু মান্ডব ময়াইদা মীয়াম মাঙদা
লৈকায়গী চিনগনবী হায়না খঙনরিবী লৈশাবীদুনা

নিপা লৈত্রিঙৈদা ঐবু পংচত্তা চৎলি হায়দুনা
ৱাবিনৈদো ইনাকমক্তদা। ইমাঙমক্তদা
খাংঙমদ্রবা ঐসু মতিক চানা পাউখুমবিখি
কল্লক মীহৌ পেনদবনা পুকচেল ফৎত্রবী
মহাক্কী থৌশিলদগী ইমুং মনুঙ মহি লাংখি
মীয়াম্না ওক্তবীনি হাযবিখি ঐবু
মৈখুবক্তা কাঙনা খাংঙমদবগুম
ঐসু খাংঙমখিদে অদুবু নঙ লৈবি খনবদা
শিতৎ নাতৎনা ওইববসু হিংলি
কবিগুম্বা নঙনসু কাওথোকপীববা ঐবু
কনা য়েংদুনা হিংখিনি
হাইয়ুবা নুংশিবা।
হাইফম থোক্তে খঙনা খঙনা লিথোক্লেদো
ঐগী পেনজদ্রবা ৱাবী কযা
থওইদনা লৌবিগনু
পুক্লিং চঙনা খনবিয়ু।
থাজবমদবা যাই পাম্মুবা-
নঙবুতা খনবদা অহীং কযা তুমখিদে
হাংলবা ফমুংদুদা ইদোমতা ওনথোইদুনা খাঙখি
তুম্বা যাদ্রবা অহীং
হাংলবা ফমুং
ঙাইবিদো নঙবু

# শাবা লোইহৌদ্রবা মোইরাং কাবী ফিদুপ

কদোমদগীনো শাফু কল্লবা নুংশিৎ হুমজিল্লকই
মফম মবাং খঙদনা ফিশা শংদগী চেহ্নোরকই ইবেমপিশক
নহা ওইনা লুখ্রাববী মচা অমা চেল্লবী, লাইবকথীবিনি
তৌফম খঙদনা মাংগোন মচিদা ফমদুনা লৈ, মদোমতা,

কল্লবা নোংলৈ নুংশিৎ হুমদোক্কদৌই ফিশা শংগী  শাইজিন
খা-রাং, নোংপোক-নোংচুপ লৈব লৈবা শিৎলি নুংশিৎ
রাখোংগী রাংলবা রা হাইথবক্লি লৈমায় থেংনা
থম্মোয় শোক্লা কৌজখি, তৌবা ঙম্বা মপুবু, তাবিখিদে

খঙনিং নিংশিংলকই শাগৎপদা ঙাইবিবা মোইবাং কাবী ফিদুপ, যোংখমদা
কৃপ্লবা লংদোম, অশংবনা মযুং, অঙাংবনা মপান চন
ফিজিনতা লোইবম্নগা মোইবাং অমা তঙাং তঙাংলবা
আশা অমগা লোইননা কাখৎলম্বা, হিংবগী আশা

খঙহৌদনা হাইথুখি পংথববা ইবেমপিশক মদোমতা
তমথিববা নোংলৈ নুংশিৎনা থদৎপীবম্মী ফিদূপতো
তৎলবা লংলা মচোই মচোই যানদুনা লৈ, যোংখমদুদা
হিংঙমদনা হিংলি ঙসিসু, পুক্নিগী আশা যাওদনা
অহোকপনিদা ইবেমপিশক শাৎপা লোইহৌদ্রবা লৈবাংও

## মৈতৈ মহা অমসুং ভুশোল্লবা উটি তিংগাবী

নোংমা মতা চানরুনা মখুল অমদা ফংনখি
য়েংনখি মবানিতা, মীকুপ অনিথক
'ফরকতৌরিবা নত্রগা চেনখিদোরিবা'
অমসুং মখুৎ তিংথোক্লে, ইবাংদা
ভাব তানরবা অনিদো, লৈমিন্নখি পুন্না
চামিন্নে
থর্কমিন্নে
তম্মিনৈ
অদুবু, নোংমগী তোকতে য়েংনবা
মীকুপ অনিথক।।